# ফোংজবা···চপ্রম মোহন

( বিন্নাকান্দি )

অহানবা খুৎনম—মে, ১৯৮১

কোপী মশিং—৫০০ তনি



থৌদাং পুন্বা অফোঙবগীনি ।

মমল :— লুপা মঙাতনি ।

# য়াহৈ খরদং

ইবুঙো চপ্রম শ্রীমোহন-ন শৈরেংজবা "ইমা মীতৈ লৈম সনা লৈবাক লমন্থুংশি" হায়বা শৈরেং চবুল অসি ইবুঙোসিনা ইমাঙদা পাথোর্খ্রুনা তাহনবি। তাবদা য়াম্না পেন্জে। কাছাড়গী মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা ফজবা মচুগী অনৌবা লৈরাংনি হায়না লৌজে। ইশামকৃতি সাহিত্যিক নচচদে! চুম্না সাহিত্যবু পামজবদগী সাহিত্যিকশিংগী মতুং ইন্নজে। অহুনা ঐনা পীজবা Comments কী কয়া মমল লৈগনি খংজদে।

ইবুঙোসিনা অস্থুম পাথোকপদা "কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন" হায়বা শৈরেংসি হেক্ পাথোরকপদা থংপ্রেক খঙি; মহাক্কী কবি অম ওইবগী শক্তম অহু খংনিঙ নিংশিংঙকই। ঐনা তোয়না উজ--রবা শক্তমনি। মহাক্কী "মমাং লৈকায় থম্বাল শাংলে" অস--স্থুং "তেলঙ্গাদা য়া খরা হাংজবহু খংনিঙ্ নিংশিংলকই।

কাছাড়দা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈ য়াম্না লাইররি। অহুনা অস্থুম তৌহুনা অতেস্থু পুথোকপীরকপা দরকাররনি।

ইবুঙো অসিবু ঐনা থরায় হকচাং য়াওনা থাগৎচরি।

**ই. চন্দ্র সিংহ 'সাহিত্য ভূষণ'**
বানী পাড়া, শিলচর—১
৭, ১১, ৮০ ইং।

# ৱাহৈ খরা

লাইরিক অসি চপ্রম শ্রীমোহনগী অহানবা খুদোলনি। মণিপুরী সাহিত্যগী চাউখৎপগী খোংথাংদা কাছাড়দা লাইরিক ইবগী অকন্‌বা ইরাং অমা হৌগৎলক্লিবসিগী মতুংদা শরূক য়াগনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবা চপ্রম শ্রীমোহনবু পুক্নিং শেংনা থাগৎনি ঙি। অহানবা খুদোল ওইরবসু পাবা য়াবা কবিতা কয়া য়াওই। ইচম চম্বা লোন্দা পুক্নিং হুডাইবা পোকহনবা মহাক্কী শৈরেংনা মহাক্কী অনিশুবা খুদোলগী মশক ঐথোয়না শাগৎপা ঙম্মি।

এস: ব্রজেশ্বর

১১।১১

৮০ ইং

# ৱাহৈ অনিদং

ইমা লমদমদগী তাম্না লৈবা ইমাগী মপারী মরূপ চপ্রম শ্রীমোহন সিংহনা পলেমগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা কাব্যগী অনৌবা খুদোল অমদং তমজবা উবদা হরাওদবা ঙমজদে লৈশেন্বা ইবুং-ঙোনা মহাক্কী খোঙথাংসিবু মহৈ য়াদহনবা ওইসনু। মণিপুরী সাহিত্যবু পামজবা, কবিগী পুক্নিং চেংবা মরূপ শ্রীমোহনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা সমাজকী হৌখিবদা লৈরম্বা ফজববু নীংশিংহুনা ঙসিগী মক্‌শিন্নক্লিবা সমাজকী শক্তমদা নীংঙমদনা ফোংদোক্লি। মতমগী সমাজতা চিংনবা, থাজদবা, অমদি খোইদাদবগী লাইনা অমা লৈ-রিবসি খুদোন্নবীনা থিন্দুনা তাকপগা লোয়ননা মহৌশাগী ফজবদা মায় ওন শিনবগীদমক্তা থৌরাংবা উংলিবা কবি অসিদগী ঐখোয়না মাংচংকী সাহিত্যদা তৌগদবা আশা য়াম্না লৈরি। কবিতাশিংগী কয়াক্তি তোং ৱাংলি, মচু তাদ্রি। ৱাহৈ-ৱাতা খনবদা, হীরম খনবদসু ইনৌ নৌবা নমুনা ভাংনা থেংনৈ। অনৌবা কবিগী অনৌবা ভেন্‌চারনি। ঐখোয়না পেনগদবদি "কবিতনা কবিতা পানরক্কবা মতম 'সিদা" কবি অসিনা কাব্য জগত্তা চঙশিল্লকপাসি-নি। মহাক্কী আশা—"শকখিমি বীণা 'সি ঐগী"—হায়বসিমক Optimistic ওইবা Overture নি। আশাবাদী কবিসিগী কলমদগী কাব্য—সুধাগী ঈচেল কয়া চেল্লকখিনি হায়বদা ঐখোয়না থাজদবা ঙমদে।

থৈরুদ্দিন চৌধুরী

১৯।১১৮০

# নোঙ্গ্লুক ঱াহৈ খরদং

ঐদি ইদোমতা নোক্লিংঙি হিঃ হিঃ লাউনা। মরমদি ঐগী শৈরেংশিংসি তীঙ্ শোকপা, থম্মোয় পেংপা, পুক্লিং হুংশিবা কয়া য়াওগনি নিংজদে। কলেজ লাইফ্তা শৈরেং মচা মঙা তরুক্তং খোংচিন্‌খিবহ্নু ঙসি চহি কুনগী মতুংদা ঐগী থম্মোয়দা মীকপ্ মচামা খোক্‌হল্লরী। মীস্থু শৈরেং পংইঙা মই, পংফোংতা মফোংঙি; অদুবু মতৌ তমজরুবদী নচ্চদে। মতমগী সমাজপু থম্মোয় ত্তিংনা মরিক খজিক্তং হুংশিজরুবা শরুক্কগী ঐগী শৈরেং খরসি যেন্নিং হুনখিবনি। হুনখিবা য়েন্নিংসি মপুং মরৈ ফাহঞ্জনিংহ্নুনা মীয়ামগী মাংদা পুথোক-চবত্তনি। পুক্লিংনা তাবা এঞ্জাং ফংদবা মতমদা, হুমিৎহ্নুগী পাং-শানবা অফংবা যেঞ্জাং চাহ্নুনা লেনবগুম, মহাও মরেক য়াওহ্রবা ঐগী শৈরেং খরসিস্থু অহুম্মক্ * * * * *

রাফম অমরোমদনা লৈহাও চেন্দবা লমদা পোকপনিনা রাখলস্থু অহুমক লৈহাও চেন্‌বা রাংলি ; রাসায়নিক-সার শিজিন্নহ্নুনা লৈহাও চেলহংবা হোৎনগদৌবস্থু শেল-থ্ম মতীক-চানা লৈজদবনা চুম্না ঈশাগী ঈঙ্খোলহুংদা কোম্ মচা'মা তৌজহ্নুনা শন্থী শনয়ুংগী "কোম্‌পোজ্ "সার" শেমজহ্নুনা লৈহাও খরদং চেলহংবা হোৎনজবতনি।

শৈরেংজবা—

**চপ্রম শ্রী মোহন**

( বিন্নাকান্দি )

## —য়াওফম তাকচবা—

---

## "ইমা মীতৈ লৈম
## সনা লৈবাক লমনুংশি"

লৈরি, লৈরি, লৈখিনি
ঐ খোয়গী ইমাদু,
পলেম পোকপী ইমাদু :
ঐখোয়গী মীতৈ লৈম।

অনৌবা যুগকী, অনৌবা মন্ত্র
অনৌবা রাখল, অনৌবা রাশক
লৈরি মাংদা, হেক মাংদা
মালেমসিগী মাংদা হৌজিক।

জগোই, ঈশৈ নোংমাই
খুৎশা লোনশা, কলাগী কলা মূর্তি
শগোল কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ
থাংলোন লাংলোন, চেঞ্জোং-মাংজোং।

খোম্লাং লমন পুন্সিগী
পলেসমগীদি, ইমাগীদি
শিংলসি চিংনদনা, শিংলনি
থবাক লোংনা য়াহুনা, মালেমদা ঐখোয়না।

লৈরি, লৈরি, লৈখিনি
হকচাংদু লৈখিনি ঐখোয়গী,
লৈখিনি ঐখোয়গী থরায়হসু ;
সনা লৈবাক লমনুংশি।

অরিবা পুরাণগী, অরিবা মন্ত্র
অরিবা ফিদস, অরিবা খুভম

লৈখি মাংদা মালেমসিগী মাংদা,
লৈরি হৌজিকসু শিংথাননা ;

—পাম্বোমদা পাজন
অকনবা অথোইবা ;
কোক্তা রাখলগী লম্বী
অশেংবা অচুম্বা ;
থম্মোয়দা থৌনা
অচেৎপা অরেপ্পা ।

---

## "কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন"

চৎলুসি ! হেংলুসি !
হে মতমগী মরুপশা !
সমরেন্দ্রগী লৈকোন
কবি সমরেন্দ্রগী লৈকোন ।

ফজৈ, নীংথিজৈ
পেম্লি, পাকচাওই
কবিগী লৈকোন্নুং ।

প্রকৃতি তাইবংগী,
লৈকোন্নুংগী লৈকোন্নি
কবিগী লৈকোনসি ।

মহৌশাগী লৈকোন্না
তাংজরী তাংথক নাইনা
কবিগী লৈকোন্নুংদা ।

খুংশেমগী লৈকোন্না
নৌহন্নী পুক্রিং

ভেখংহল্লী থম্মোয়
মহৌশা লৈকোয়্‌ংদগী
হেন্নজ্রম হেন্না ।

খংজে, খংজরে
ঐখোয়না মত্রুদি
শক্লোন পুৱী
প্রকৃতি ইমান' *
শিন্নবিৱনি মখুৎমক্তা
কবিগী 'সূম্বা
পাক চাউরবা নীংথিজরবা
মতমগী লৈরাংগী
লৈকোন শেম্বদা ।

কনা খংদ উদনা
থাজবনি মখুৎমক্তা
মখল মথেলগী
মচু মচুগী
রাখল মীংয়েংগী
লৈরাং লৈচনবু ।

মখোং খোংনা
চৎলু থিক্ননা
ভাইবং মালেমগী
পুক্লিং হুয়বা
লৈরাং জাং কয়াবু,
থাজরিনে মখুৎমক্তা
মীতৈ ইমাগী ;
মতমগী সাহিত্য লৈকোন্দা ।

অপোম্বী, পোমশাংনবী
লৈরাং জাং কয়ানা

ফুগাইনা শাংকায়রকৃপদা
  য়েল্লি লৈনম্ম হায়রবা
মাঙ্গংবগী মালংবনা
  ভাইবংগী বসন্ত
মালং তম্পাক্তা ।

হায়নিংঙি ঐখোয়না—
    হৌজিক্তি চীংলেম্মা—
        কবিগী লৈকোনসি
          ইমা মীতৈ
        লৈমা লৈকোয়্নুংগী
          পাকচাউরবা নীংথিজরবা
        লৈকোনগী লৈকোন্নি ।

তিংখং পানবা
  মখল মথেলগী
লৈরাং জাং য়াওরনমু,
  লৈরাংগী লৈনম নুংশিবনা
পুক্লিং পেলহল্লি ;
  থম্মোয় তেকখংহল্লি
রাখল মীংয়েং
  মচা ভাঙলম্লি,
কবিগী হায়রবা
  লৈকোনগী লৈরাং লৈনম্মা ।

ভারত শিনবা
  থন্নুংখ্রে ঙসিদি ;
হয়েং শিনবা
  থন্নুংলনি মালেমদা।
শাংলিমথৈ কবিগী
  অমদি মহৌশাগী

লৈরাং অাং কয়াগা,
  ভখিনি ঐখোয়না
পূক্লিং রাখলগী
  ভংত্রবা ঈচেলগী
পামজবা মীংয়েংনা
  খোয়দরুবা কবিগী
লৈনয়া হায়বা লৈকোন্দা।

---

## য়ু ঐগী পুন্সি

অঙকপনি !
  য়ু ঐগী পুন্সি
ঐনা ভমদবা লৈতে
  ভাইবংদা
অচিকপদা, লমহাংদা, হোটেলদা
  থাইদগী হেনবদি
কৈথেলগী মরুমদা
  ভাইবং কৈথেলগী মরুমদা।

য়ু ঐগী পুন্সি
  অঙকপনি !
য়েকু পূম্বা
  খুদক্তা নুংশিনহল্লি
নুংশি পুম্বা
  খুদক্তা কায়নহল্লি
ঐগী ইথোদাং
  ঐনা পাংথোকচবদা,

ম্রেংভি কুম্মৈ
মৈম্মাম্মা ভুংচামহূনা।

যু ঐগী পুন্সি
অঙকপনি।
ইপা ইপু ইতোম্মা
হুমা' ঈরি শিঙ্হুনা
ব'ন' তান্‌তহূনা
পৈপখংপীম্মখা লনগী পেরে
শাপংপীরম্ম দালানগী মথোল
মচেং মচেং ওইনা
তুম্মা মাংহল্লি
উং ওইনা।

যু ঐগী পুন্সি
অঙকপনি।
যজবা নিংথিবা
সেমজবা লমচং
কম্মা কম্মাবু
তুংওইননা থমহূনা
লাপ্ন লাপ্না
কঙ্গোম্মরবা তুক্কচরবা
শা গুম্লবা লীচংনা
মা'দ' কেক্ থা
পুক্ষম্মি লম'জিংহূনা
তংতনা ঐমা
কনাবু কিদনা
ভাইবংগী লম্বীদা
ভাইবংগী গুরুবা লম্বীদা।

যু ঐগী পুন্সি
অঙকপনি।

ভাইবংগী পুন্সিসু
চপ্ চপ্ মামহল্লী
কনাসু কনান হেলহন্দে ।
য়ু ঐনা শামবনি
ভাইবংগী মচু শংলবা
কুস্মৈ, লীলা, মপৈ মপৈ
ভাইবং মপু য়াওদনা
মপুং মরৈয়ক ফাংদ্রবসু ।

য়ু ঐগী পুন্সি
অঙকপনি । অঙকপা !
ভাইবংগী
থরায় মঙা
মীগা থানা
ভরুকমক্
পুক্ম্লী ঐনা
নোরোক্কী কুণ্ডদা
পুখংলী ঐনা
স্বর্গগী অরোয়বা
শান্তিগী, পুণ্যগী
লৈগী শয্যাদা
লৈগী শয্যাদা ।

---

# চৎনবী ঈশৈ

ঈশৈ, ঈশৈ, ঈশৈ
মতমগী চৎনবী ঈশৈ
তাইবংগী তৎত্রবা ঈচেলনুংদা
শক্তি তাইবংনা
মতমগী চৎনবী ঈশৈ।

নুজাশিংগী শমক্রুগী ঈশৈ
পানগী মায়থোংগী
লেংলি লৈংলিবা চিনবানগী
ঙাঙ্গানবা খজাইগী
সিঁহুর থৈবী হৈনৌওম্
নোকমী নোকমী মাইথোংরক্তা
শল্লাং অনি অহুম্না
হাই হুম্বগী ঈশৈ।

পুক্লুংনা খোয়দারবা অমদি
তনিক তনিকপা
ঈপোমগী ঈথক অনিদা
মায়থোংদগী তারকপা
শংল্লেন শল্লাং খরগী
মচোয় মচোয়না
জগোই শাবগী ঈশৈ।

মায়ত্রবা লৈমায় লৈতেম
রাংলপ্ তোংলপ্ ফল্লয়া
লদ্রবা নীঙ্গী নীঙ্জোন্দা
চোয়জায়নরবা শল্লাংনা
তপ্ তপ্ য়ৈদুনা
নীঙতম্মা হাই-হুম্বগী ঈশৈ।

শোংলবা মোংশোং অমদি
নাপী মকারক্তগী
শজিগী মীংয়েংগুম্
শানৌশিংগী শয়ারক্তগী
অয়োংপা মীংয়েংগী ঈশৈ
ঙায়ঙমদবা যৌবনগী
ঈস্কুং কী ঈশৈ, মপৈ মপৈ
লৈরাং খোইমু অনিগী
নাপদা চীক্লা পাউদম্‌বৈ
পুন্সিরোলগী ঈরুকারবা
ঈপোমগী ঈশৈ, তরু তরুবা।

কায়নবা, থুংনবা
নুংশি ঈরৈগী ঈথিম্মা ;
অরা-নুংঙাইগী ঈশৈ ;
লোয়বা থবা নাইদ্রবা
মীওইবা অমসুং মহৌশাগী
লেপত্রবা ঈচেল নুংগী
লাইশোন ঈশৈ
তাইবংনা হিংলি মথৈ
থেকখিনি পুন্সি বসন্তগী
মৌরবা শাথেকসু
শকখিনি ঙসিসু তংতনা
মতমগী নৌরবা,. থোংলবা
য়েন্নিং হুল্লকপা কলাকারশিংনা
নিরাকারগী, নিরাকার ঈশৈ।

---

## "মত্তমগী সাহিত্য লৈচন"

সাহিত্যনা থংকল্লী
মালেমদা
জাতিগী চাওখৎ ফিদম।

সাহিত্যনা তাকপীরি
পৃথিবীদা
জাতিগী লোনবু নুংশিবা।

ঐগী ইমা—
ইমালোনবু নুংশিররদি
ইকায় খুম্নরোয় করিগী
কনান মালেমদা।

ঙাক্সোয়রে ঙসি
অমুক্কী শক্তিক থবাগুম
ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা
ইমাগী মকত্রবা
গুণ্না কন্বনা।

মচা ওয়বা ঐখোয়না
থংবীদ্রে, উবীদ্রে
ইমাগী শেংলবা গুণবু
ইমাগী মকত্রবা শেংলবা থম্মোয়বু।

তাকপীরি ভংতনা
ইমানা ঐখোয়দা
পোকপদগী শিবাফাও
তাইবংগী, ঐখোয়গী
শিন্থা পাওমেন—

নোঙ্মা কল্লু
      অতনবা থাদোকউ।
নোঙ্মা কনৃবতনা
      মালেমদা
পুন্সি মহৈ
      য়াল্লি
চিংমদনা।

ওয়থোক্তবা য়াখলমা
      তুংওইননা থম,
ওয়গদোবা লিংজেল্লা
      মাংদা থা ;
য়াশক লৌগনি পুক্লিংদা
      ইমাগীমাথং তুংইন্না।

মমানিংবা জাতিতনা
      চিংনদনা মালেমদা
মমাগী সাহিত্য লৈচন
      হেনগংহল্লী মগুণ
থোয়না হেমত্রুম কেন্না।

সাহিত্য লৈচন
      শেংদোকপতনা,
সাহিত্য লৈচন
      শেমগংপতনা,
জাতিগী লেংস্রবা থোৗদাংনি।

জাতিগী মিংশেন্নদি
      সাহিত্যনি ;
সাহিত্যনা জাতিগী
      এক্সরেনি ;

কাওননুসি নহারোল ঐখোয়না
মীতৈ নহারোল ঐখোয়না।

হায়খি মস্তাং' মদা
প্রোঃ নীলকান্তনা
"মণিপুরী সাহিত্য
তশেংবা সমাজকী
মশক উৎপা ওইদ্রি"
করম্না ওইবা ঙমগনি ?

টিঃ এসঃ এলিয়ংনা
হায়খি অমুকসু—
"কলাকার অমগী চাওখৎলকপদি
তত্তনা মশাবু থাদোকচবনি
তত্তনা লিশাংশিংনা মশাগী
মশাবু লুপ্শিন্নবনি"

অমুকসু মতিক মন্নাই লৈরবা
কবি সমরেন্দ্রনা হায়খি—
"রাখলগী মুক্তি ফংদ্রিবা
মীনায়গী য়োংহ্লিং
চপচানা ককথৎপা ঙমদ্রিবা
অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজদগী
মতমগী সাহিত্য আশা তৌরুবা
অরেম্বা ওইগনি।"

---

# খোংথিনি কোকিল ঙসিসু

খাংলরে মখো পোঙনা
মতমগী কোকিল
মপান নাইদ্রবা
ঋতুরাজ বসন্তগী
মঙলবা হৈকোল
লৈকোম নুংদা ।

মহৌশা লাইরেম্বীনা
থারকপনি শেম্লনা
মহৌশাগী উমংদা
মহৌশা তাইবংগী শুমাংদা
তাইবংগী মেংলবা
ইংলবা তম্পাক্তা ।

"কু—হু" হায়বা খোন্থাংনা
খোইরাং খোইশা ওমহল্লী
শাবী—শানৌ কয়াগী
রাখল থম্মোয়দা
তত্তনা হংহল্লী লিশাংশিংনা
রাহং কয়া কয়া ?
মপাম নাইদ্রবা বসন্ত অয়ুক্তা ।

অহিং তাংলৌ থেংলবদা
নাইতোম ঙানবী
পূর্ণিমা থাজনসু
শোংলবা মোংশোং অমদি
উরক রারক হংতুনা
কোয়থি থিরি, কোয়চং চংলি
নংগী খোজেলহু লীহ্না !

খোংলি, খোংখিনি
ওসিন্থু, হয়েংসু
প্রকৃতি তাইবংগী মুখিনা
নোংহোনা খোংওদোয় হুল্লকপদা
থোংলবা মোরবা
মালেমগী শক্লোন নুংদা।

লীরি—নামিবনসু,
পুরি, পুখিনি
খোঞ্জেলহ নংগী
লোইবী চীংশাংগী নাপোমদা,
তাইবং পুক্রিংগী
কৈকোল কৈকোন্দা;
ইপোম নাইনা
অনি থোক্লা
"কু—হু" হায়না।

---

## য়াওল্লকুপা

অঙাংগী পুক্সিসু—
হোংঙি
নোংমা নোংমগী
ওল্লি পুক্রি'সু
মওল মওল।

অঙাং ওইরিঙৈ
পুক্সিদা—
মহৈ মশিং
তম্লিঙৈ

ভন্দে মান্দে
তৌখিবা
নিংঙম্‌ মকত্রে হৌজিক্তা
থম্মোয় 'সিনা কল্লকই।

অতিয়াদা পাইরি
ঐগী য়াখলসু
য়েংলি—
অতিয়াদগী
মালেমগী
য়াওল্লকপা ফিদমবু।

য়াওল্লক্পগী
মীয়াওখোলনা
নি'ল্লি মাইকৈপুম্বা
চৎফম থংদে
লম্মুক্রবা লম্বীগুম।

কদায়দা চৎকনি ?
থিঙলি
মাইকৈপুম্ব
য়াওল্লকপগী
নিলখোংবনা।

ঐসু নংগুম্বনি।
চৎকে ক্ষুংইন্না
ভাকপিয়ুগবা।
হে লম্বী চৎপা
লমজিংবা ও !

মাংখ্রে ! মাংখ্রে ! মাংখ্রে !
ঐগী লম্বী মাংখ্রে !

ঐ লমুক্তয়ে !

ঐ ভোফম থংদ্রে ।

ঐ ফ্রংবংনরে !

কদোমদনো ? কদোমদনো

লম্বীসিবো ?

আঃ !

ওন্থোকপনি !

থোনাক্ষবা

কনামনা

মরিংজেন ফুদোক্তুনা

ভাকপিরদি লম্বীসি

ঐগী,

ম্নোজবা ভমগনি

মতুদতা শোয়দনা

পুন্সিগী

পন্থুংফম লম্বী

পন্থুংফম লম্বী ।

---

## ঈরাৎচনিংঙি মীওই অনিবু ।

খুকমজন্নি ঐনা—

থম্মোয় ভিঙ্‌না

মীথন অনিদা

মতম খুদিং—

মফম খুদিং— ।

লোংজু-নুংশা
অথাক্ অয়াও কিদম।
শূরিবা অমদি
হুমাং ঈরী শিন্থুমা,
মায়থোং কাহংনা
লোয়নবা
লৈখোম্ লৈনাঙ্ লৈভদুমা,
মখুংকী মহৈভনা
য়ুমগী, মীয়ামগী
চাকথন্ং ফিবু, থন্ংনবা হোংনরিবা।

মীওইবনা
মীওইবগী
থবক পাঙথোক্লিবা
থাভুনা শাবা
পোংশক গুয় কল্লবা
লৌমীশিংগী থম্মোয়বু
খুরুমজরি
খুংলোয়না
পুক্রিংলুপ্পা, অহান্বদা।

অনিশুবদা—
প্রকৃতি মহৌশাবু
খুৎহুম চেংনা লাকশিন্দুনা
মীওইবনা
মীওই হকচাংগীদমক
নত্তনা
থরাম্নগী চীঙ্গাক
থিরি হল্লীবা,
মাজেমগী—
লাইজনুংদা, লোকনুংদা

অমদি মৈনুংদা
জ্ঞান ধর্মগী মচাক,
পুক্রিং থোইজংনা
হল্লী থিরিবা ;

গুন্দ্রংদা অমদি
অতিয়াদা চৎতুনা
থরাম্ব পাংনবা পাম্ববা
গ্রহশিংগী কোকনুংদা
করি মৈ, মৈত
হল্লী থিরিবা ;
থরাম্ব খুবাক্তা কাওনা
জীবত্মাগীদমক
কামবা অশেংবা
চাওখৎলম্বী তাল্লিবা
মীওইশিংতবু—
খুক্লমজগনি ঐনা
কোক্নোম্না, থম্মোইনুক্লা
পুন্সি সিদা ফিংলিদৈ ।

---

## থাবল চোংবী

মৈশাবী—পাখং
পাখং সম্বী, মৌ সম্বী
পাম্বহনা চোংলি
খুৎশম্বনা
অমগমগা
মেংলবা ইংলবা
থাবলগী
ঈপোমদা ।

বেও পার্টিনা
পীরি তান্থা,
শাবি শানৌগী
নুংশি রাক্তীদা;
চোংনা চোংনা
মতেং পীরি
মপুংমক ক্বাত্রবসু।

চাওখং লমদাংনি
মীতৈ ঐখোয়গী,
চুপ্রবা নেশানি
থাবল চোংবী;
নৈনরি খম্নরি
মীংচি খংনহনা
নহারোল থরনা
থৌনাইদওম।

মাইকৈ অমদা
নৈনরি অমদুক,
মহৌশাগী হৌমচং
চাওখংলমদাং শেংলবা;
ইজাতিগী ওইরবসু
থাবলচোংবীনা
মীতৈ ইনাংকী
চাওখং রাখল.
অরাং ফিদমু
কৈরাক
ওইবা ওয়োই
তুংগীদমক্তা।

মফম মতমগী
য়াওল তুংইন্না

অফ—ফত্ত, লম্বী—থোং
মশক খগুনা চংকনি
ভাগুনৈ, শোংনৈ,
লম্বী লমথাংদা
মচি মচিদা
মীয়াম চল্লবা
মীয়াম খরনা ।

অপুম—অসা
উরপা
হন্নিং খোয়াংবীনা
পাইশিনগুম,
প্রসাদ ডাকএ
হায়বগা—
পাইশিন্নে
ঙ্রোং—ঙ্রোং লাউনা
মসিবু মতমগী
চাওখং ফিদমলা ?
সংস্কৃতিগী মঙালবা
মীতৈগী ?

অহুবু—
ওইরম্নে, ওন্থোক্লপনি !
শিদ লম্বী,
অরাম খোয়াং
কোক্লবা
শিদলম্বী—
ঈহৌরকপগী;
লাওরি মতমগী

নহায়োলশিংনা
খোন্তোক্তবা য়াহৈনা।

সোয়োক লমজাওদা
করিগুম্বা পায়রবদি
নৈলপাবী খুজেং,
চংগনি
লোকাপ্তা শোয়দনা;
ঈজং দাবীসু
তানগনি লোয়ননা।

অহয়ু—
থাবল চোংবী
চোংবদদি
য়াখল পুক্রিং
মকায়ায়া
খুজেং পালোয়নমা
চোংমিন্নৈ,
অরাম খোয়াংবসু
কোকুমিন্নৈ মৌবনগী;
খমথেংহল্লৌ
মতমগী চংনবীসু।

থাবল চোংবীগী
ময়োন অমদি মরু হুনখিবা
চংলিবা মতমগা
চুননা
মথি ফোংবদা—
সেকমাই, নৈফয়েং,
অঙ্গোনচিংবা;
মফমদলি মণিপুরগী।

তাবৈদ সুম্না
নাংকোংনা
পাওনিলখোল ওইনা
অচুম্বনি থনুজহ্না ।

---

## লৈচু অমগী লৈপরেং

ঙায়বিয়ু, থাওবিয়ু
লৈম্বিয়ু চাঁঙথম্ম
কুইররোয় মতমহ্
নং ঐগী বসন্ত 'মা ।

ঐনা থাজখিবা
লৈরাং কুন্দোংসিসু
লৈশাং মপুংতম
মনা মরৈ
ফম্না পান
রানা থাংজরে
ঐবু ভাইবদা
অকনবা মালংগী
ইথিন্ নুংদা
শারবা নুংশাগী
মৈশারক্তা ।

ইংলবা তুরেলগী
লাইজ মরিক মরিক্রা
চাইহি থম্মোয়দা
তংতনা লৈরাংগী

ভেকধৎনবা —
থম্মোয় লৈরাংগী,
শংকায়নবা—
পুক্নি লৈরাংগী
নীঙতম্মা, নুংঙাইয়না।

অয়ুক অঙনবদা
হেক্টৈচে ঐনা
নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
কংচরী—
ইধুঙেঙা মাগী
খুন্না থম্বালদা
নিজরি—
ঐগী আশা
কায়চনবিগনু মাগা
ভংহনবীগনু পুক্নিগী
লৈরাং পরেংজু হুক্রুচবদা
নুংশিগী ঙকশমদা
নুংশি মাগী ঙকশমদা।

---

## য়ুমগী ওঝা

লাক্লে ইমা
য়ুমগী ওঝা
ঐখোয়গী
য়ুমগী ওঝা।
ফিদা থায়
মমানা
য়ুমগী ওঝা
ফম্বীয়ু।

অঙাং অনিনি
লাইরিক তম্লিবা
যুমগী ওঝানা
তম্বীরিবা।

খঙদ্রে ওঝাবু।
অঙাংশিংসি
কমদৌরিবা ?
করি ওইরিবা ?

সুম্না রান্নী
শামিনৈ
যুমগী ওঝাগা
মমাগা।

লাইরিক তম্ফমশং
স্কুলদা
তাকপী তম্বীদ্রমাগে
লাইরিক লাইশু
রাকংচৈ সুম্না
মমানা
যুমগী ওঝাদা
ইংনা মেঙনা।

ওইরে হৌজিক্তি
লাইরিক তম্ফমশং
ওঝাশিংগীদি
রান্নী তফম শং।

থাগী বেতন
হেনগৎপা
থাগী বেতন

ভাইবদা
বাম্মা থাঙনরে
ওঝাশিংনা
খোর ফুরনা
ছোন্দুনা
খুরাম সিক্লা
অফিস রুমদা ।

'সুম্মা বারী
শামিদৈ
যুমগী ওঝাগা
মমাগা ।

অনৌবা গভর্মেন্ট
অনৌবা রুল
অনৌবা প্লান

পে কমিশন্না—
চানবিরবদি,
রিভাইজ পে শেল্লীবা।
পোংচৈগী মমল
হাইগংপনা
চহি চহিগী,
লোইবা নাইদে
রারীনা
মতং মতং
ক্লাসরুমগী
মহুৎশিন্না
অফিস্ রুমদা
এড্ভোকেট্কী
ডায়েরী ফাক্রী
ওঝাশিংনা ।

মাইকৈ অমারোমদনা
অঙাংশিংনা
ক্লাসআ ঙ্ৎ ঙ্ৎ !

অহৱু—
কো এডুকেশনগী
ক্লাসনি, স্কুলনি
কমদৌনি ?
চিক্লবা কাদা
হেডমাষ্টারনা
কোক্ পাম্হনা
মুকুম মুকুম শোল্লী
মদোম্তা ।

ওম্মোকপনি !
ওম্মোকপা !
লাইরবগী
মতম নত্রে
লাইরবগী
মফম লৈত্রে
লাইরবগী
মীচঙ্ মাঙত্রে
য়ুমগী ওঝা
থমত্রবদি.
হায়থি 'মুমা
য়ুমগী ওঝাদা
থবেং থবেং
হোন্দু না শোরবু
মপুক্তিং নুংশিনা
মমা ওইবীনা ।

---

# মীতৈ খুল্লাকপা

কৌ শংবাইদা
        অমাদমক পীরিবৈ,
গ্রীকী সভ্যতানা
        মঙাল নোম্না পীরিবৈ
য়ুস্নানবগী ঙাচেৎ-পুমচেৎ
        নুপীমা পুরিবৈ
মমাশিজ নৈশারিবৈ
        রাখদা লুপনিবৈ
বারুরুকখি তুংলোমদগী
        লমগী মশক্না ফি ফি কাম্না,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি
        ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি।

ইংরেজী লোন ভম্নবদি
        করিগুম্বা মতমত্তুদা
মরু কোক্লনা তৈগনি
        মায়ঙং-তনু ভিন্না
পাপ অহু কোক্লবা;
        ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি।

শ্রাদ্ধা কর্ম অমদি
        লুহোঙ—থোঙদোঙদা
জৌ ইঙ্গোল
        থমদ্রবদি বক্কোক্
করম্না শেমগনি
        মীয়াম্না, সমাজনা?

করম্মা ফজদে
হায়গনি লাই—ওক্লনা ?
কন্নিগী মন্নেং
তাহন্নী শাগৈগী ?
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি ।

বিজ্ঞানগী কৈথেল্দা
নুপীনা কৈথেল কাহ্না
অমাঙ—অতোং খঙনবা
তৈপাং শেল্লোং পারিতৈ
লৌখি তৈপাং নিহ্না
ঐনা ঐগী নুপীদগী
ফ্রিং কৈফেজাম
নান্না শেং
তল, বোয়া
চা, চুরুট
কান্নী কৈথেল
হোটেলদা
লৈহ্না চান্নী
নিংথোন্ খুম্না ।
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি,
ঐদি মীতৈ খুল্লাকপনি ।

———

## লৈরাংনা লৈশাং তম্মকপদা ।

শাংলু ! শাংলু ! শাংলু !
ফুগাইনা শাংলু !
লৈরম্ পোমহনা
লৈশাং ভমহনা !
হাদা লৈরাং
শকহেনবী ও !

পলেম-পম্হৌগী
কোন্তনি খনবরা !
লৈরাংগী পুক্নিহ্,
নুংশি কোনবু
থমহনা তাম্রা, লাপ্লা ?
চাদা লৈরাং
শকহেনবী ও !

মঙগী মঙ্—ঙক্কনি
ভাইবং অসি
'হৈঙ মঙখিবা মঙহ্
মঙমক্কি অশেঙবা
ভাইবং নঙ্গে
কাওগনুকো !
শকহেনবী লৈরাং ও !

মানা—মানা
পামজবা নীঙজবা
মামা মানা
ফংবা ঙস্মী
করিগুম্বা পুক্নিং চেংনা
নীঙলবদি ভাইবংদা ।

বসন্ত মালং
পুন্সিগুম
নীঙতম পুন্সিনি
লৈরাংগীদি
পলেম পম্লোগীদি
মালংগীশরন্দা।

লৈরাংনা লৈশাং
ভস্মকপদা
নোংবানগী
শক্তম লোবদা
ঙম্লোয় থিংবা
কনানা ডাইবংদা।

অপাম নুংশি
য়াওন্দা
লৈরাংগীদি
অমম্বনি সংসারসি
নুংশি নুংঙোন্ র'ম্নীনা
চাক্রবনি লাইম্মেওয়া।

বসন্তগী হারবা
হৈনম লৈনমদি
চাক্রবা থম্মোয়নি
লৈরাংগী.
বসন্ত মালং
ইথিম্রংদা।

নুংশি লম্বীদি
পন্থুংক্রম থঙদবা
পুন্সিগী লম্বীনি,

নুংশি পন্থুংদি
অশেংবনি পুন্সিগী
লৈহাপ থনুবা য়েন্দাম্বগুম।

মালেম পান্থিসি
নুংশিগী লানুফম্নি
নুংশিগী তুংনফমনি
নুংশিগী হিদেন্নি
কাওগনুকো, কাওগনু !
হাদা লৈরাং শকহেনবীও !

---

## শেগায়রবা য়ুম্

নোং চুরক্লে য়ুম য়ূরক্লে
ঐগী লৈফম লৈতরে
অঙাং নাবা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা।

পজেম মংনা উবিয়ু
পন্থৌ নংনা য়েংবিয়ু
অঙাং নাবা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা।

হৌজিকী চায়ারি চাজবে
হোৎনেনগী চাক্লেন্দি লৈজদে
অঙাং নাবা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা।

মুংশা লৈমা থোয়ক্রো
নোংজু লৈমা চংখরো
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রগা ।

ঐগী উজদে সংসারদা কনা
খঙবীদ্রে খঙনা-খঙনা
উবিদ্রে উনা-উনা
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রবা ।

য়েঙঙ্ণু ! য়েঙঙ্ণু ! নমিং থিংনা
য়েঙঙ্ণু ! নখোয় পুক্রিং চঙনা
কনানা করি তৌরি মালেমদা
অঙাং নারা ওইরবা
ঐগী য়ুম শেগায়রব ।

াম্বোম পাঙ্গনগী মহুৎসিন্না
কাক্লা কলম্না থাংশাং ওইরি
াখলগী মৈরানা লমজিং ওইরি
মঙাং নারা ওইরবা
াগী য়ুম শেগায়রবা ।

নানা করি হায়রিবা মালেমদা
র্ম-নীতিগী মহুৎশিন্না
শ্লি পায়রি রাজনীতিনা
ঙাং নারা ওইরবা
গী য়ুম শেগায়রবা ।

—

# নারাঙ্গর গী নুমিদাংদা

রাকচীং থাগী মথংশিংনা
নোংমাইজিং নুমিৎঅহুম্‌নিবু
নোংগোবীনা লাইজ ঈশিং
খোরাংনা রানা ভারবশুম
ভারনরি থমোর কংনা
শাবি-শানৌশিংনা খোরাংমা ।

মশাবী মথংলেন শিংনা
মাইকী ভাড়া, লোয়ননা
হীগী ভাড়াসু
এড্‌ভান্স বুকিং তৌগ্রে
ভারনরি নুমিৎহু অরাম খোরাংনা
চংকদৌবা মখোয়না, পুক্রিং মকারায়া ।

"বোর" পীনহৈবা "নারাইন্দর বাবা" নসু
খোরাংনা ভারবী নুমিৎহু ।
হায়না হায়না, খন্না, খন্না
য়োরক্লে নুমিৎহু মখোয়গী
হৈ-হৈ অথুম-অহাও
কংনবা পুজন্দী "ইবুঙেঙো" মঙোন্দা ।

মাইক্ খোংবা, নিপাসু
শানগ্রে আধুনিকী ঈশৈ
থুংগ্রে শন্দনা মকমগুনা
কংগ্রে হৈ-হৈসু চিংনদনা
নিজগ্রে "বোর" সু খুংলোয়না
শাবী-শনৌ অনিনা মথং মথং
মিংজবা আশা থুংহনবিয়ু
ঙসি কৌবা নুমিদাংদা ।

থোজানবীরে, পীবিরে "বোর'
পীনহৈবা ইবুঙ্গোঙো মানা,
চীঙ্গার লৈবগা, হৌত্রে পুন্সিরোল
থুংনহল্লে খুদক্তা, মুমিৎহুগী নুমিদাংদা
খুৎশম্না কুম্মিরক্রে, নুংশি ঈহৈ য়েংহুনা
পুন্সী গী হিদেন্দা, আশাময়োন- চোংনত্রে
ভাইবং মপুরুস্ন নিংনত্রে, চেৎনা পুক্লুং
"নারান্দর বাবা" গী থোজালদগী ।

---

# নোংচুপকী নোংথাং জগোই

চুরক্লি নোংনা
ঝম্ ঝম্ লাউনা
শিংলক্লি নুংশিৎনা
উ—উ— লাউনা
নোংচুপকী মোংথাংনা
জগোয় শার শার
ভস্মকুই ভারতকী
নোংপোক হারম পাংনা ।

চুররে শিংলরে
মীৎ—মায়
পাংব ওমদমথৈ ।
মরক মরক্কস্
অপায়বা থরায়না
শাররি জগোই
নোংথাংগম ।

নোংচুপকী—
নোংথাং অগোইনা
মাজেম শিনবা থুংবা
য়েল্লরি, শিররি তংতনা
অয়াম খোয়াং কোক্নবা
শিম্ভাগী ঈচাও পায়
মতমগী নহারোলশিংদা
নহারোলদা— ।

———

## য়াউশং নুমিৎ মঙাদি

মীতোপ জাতিগী ওইরবা
হিন্দু ধর্ম লৌরবাক্তুং
মীতৈ না—
য়াউশং য়াউশং য়াউশং ।

তৈশাবী—পাখং—মৌ
হনু—হনুবী—অঙাং অপিশক
মী গী থোংজিন্দা চংহুনা
নিরি ভিক্ষা চাক্নি ফিনিগুম
হরি হরি বোল্লা—হে—হরি ।

হরাও কুম্মেগী ঈচেলনুংদা
ওয়রি মীতৈ গী লুচিংবা
য়াউশং য়াউশং য়াউশং ।

মী মচা অঙোনবতনা
চংকদৌদি শাজং'সি
মাংনদিঙায় ওয়রবা

মীতৈ গী শাজং শাওং
শাউশং শাউশং শাউশং।

নিবগা লোয়নবা মুল্লি লৈশা
তাওরবা পাখংগী খাওনুংদগী
খনথি পাখংবা—
লোংমদি 'তুমা
লৈশাবী কাব শারনি হৌজিক।

পিচকারী কাপ্পী—
হনু—হনুবীদা,
অঙাংপিশক শিংনা হবাও তয়াম্বা;
উফুন অঙাংব—
আবের তৈবী,
লোয়শারী শিংদা, বোয়শিংনা।
উফুন অঙোবা—
পাউডর তৈরী,
চেংনা নুংশিনা, কোন্দুবা পাখংবা;
হৈমুন কাররুবী লৈশাবীশিংদা।

মতম 'তু লাক্লে খঙ্গবগী
মতম সিমত্তুদা, হৌজিক ঐখোয়
লু—লুক্তা মরিক চুয়া, খোস্থোক্তনা—
মীতৈ খুম্মাইগী মওং য়াওরবা ফিদমশিং

লৈশা তাহল্লিবা মী মাংদা
লোয়নবা—
অমাংবত্তা শরুক ওইরিবা
মতম মাংহনবা, শেল মাংহনবা
হাংন খিন্নবা, ঐখোয় ইশেন
খাইদগী মরু অমাংবদি লমচং

থাদোক্লসি, কাওথোক্লসি, মুংহল্লসি
মতমগা চুননা চৎলসি লিচিং যান্ননা
লৈশেমলক্তগী লোয়নরকপা ওয়রবসু
মীতৈ পী—
য়াউশং য়াউশং য়াউশং ।

---

## ঐথোয় অমত্তনি

মফম মতমগী য়াওম তুংইন্না
জাতিশিংগী খোঙচৎসু
কোয়চং চৎলি মালেমদা ।
মীতৈ জাতি ঐখোয়সু
মালেম লৈকোয়বুঙ অমদি
অরিবা ইতিহাসনা সাক্ষী পীরি—
চহি ভরেং খুন্তাক্পদা
বৃটিশনসু মণিপুর লোইচল্লিবৈঙ মাঙ
শিলেট, ত্রিপুরা, কাছাড়, নবদ্বীপ
মচোই মচোই শেংননা লৈখি
হৌজিক ঐখোয় অমত্তনি ।

ঐখোয়গী পুক্লিং ইথিল্দি
মী মরক্তগী অথোয়বা
লৈপাক লৈমগী অথোয়বা মচা
শাগৈগী মৈতান অরাবা
ওইফম থোকই, লৈফম থোকই
মতমগী ওইবা, মতমগী নহারোলদা ।

অরা কোকথোং পৃথিবী
য়ায় কোৎতা হায়জগ্রবী

ইমাগী য়াথংবু কোক্তাথোং
থবক্তা, বাথন্দা, রাঙাংদা
পুক্লিং খোয়জংনা, মৈন্নিক খোকৃনা
মালেমগী মীমাঙদা থঙহনবা
ওইরে মতম ঐখোয় অমত্তগী।

---

## কম্প্লি নোংখোংগুম

কালেনগী মৈশারক্তা
ইঙাগী নোংহৌরক্ত
অহিং নুংথিল কাংদনা
মচাবু কোল্ল কোল্ল
কম্প্লি হিক্লা তিক্লা
মপুরোয়বু নিংশিং নিংশিং
নুপীজা ওইবী লুখ্রাবীনা।

মপুরোয়বা নৌনা কায়নবনা
লৌ—ইঙ্খোল থরনা
পুন্সি লেল্লি মমা মচাগী
লৈজরিবা থরনা চিরি—চিরি।

মচাগী নুংশি শক্তমবু
মুনা মুনা কোয়না য়েংলৈজ
লৈখিত্রবা মপুরোয়গী
পুন্সি মুপ্তি নীঙশিংনা।

ঋতুগী য়াওল তুংইমা
য়াওলরে, থুংলরে
মরৈ লিশিং লিশিং তমহনা

থরায় মীহুম ওয়্রবা
থমোয় চেংখৈ মুণ্ডি লৌদ্রনা
উ—উ লাউনা লাউনা
যুম—কৈ—উ রা
তেকখি তাইথখি লৈমায়থক্তা
ত্রম্ ত্রম্ ত্রেক্ ত্রেক্
কপ্লি হিক্লা হিক্লা
নুপীমা ওইবী লুখ্রাবীনা।

লেপখ্রে নোংলৈ—নুংশিৎ
পুয়ক্লি 'হব্রু পাউনিলখোল 'মা
মহু ময়ায় চমথরক্রবা
নোংচুপকী খোংগোম্না
লুখ্রাবীগী মরানয়ায় ভম।

অঙাং নরা ওইরবা 'মা
ফুরিৎ শেগায়বা অমা লীৎ
খোঙগ্রাউ মশক থোক্তবা 'মা শেৎ
তাদ্রনা লৈরে তিংদয়:
উগী উখাদা নন্দুনা
মারুবাকী দোক'নগী
খোংনাং উজাও, নাক্তা।

ওইরমগনি চিংনবনা
চৎখিবনি ইচাদো
থাখিবনি দোকান্দা
লৈরুনবা আটা কিলো', 'মা।

ঙরাংদগী চারক্তবনা
চারাম চতৎনখ্রবনী
মপুক ভগ্ মপখ্রবনি
কুশাং কুৎখ্রবনী মহিংত্র।

ফনেক ফিজি শেগায়বা শেং
খ্বাংচেং মচি কয়া লাকপিন
পাওনিলখোল ভয়া ভয়া
মপবীনা মচা কৌগুম
মচাবু কৌর কৌর
চেন্থি খুত্থক থানা
মমা ওইবা লুপ্রাবীনা।

ওইরম্বে মচাহ্ন অশেংবা
পুন্সিগী থাওমৈ অশেংবহ্ন
ও ! মুংগ্রে থাওমৈহ্ন খুদক্কা
মমাগী থমোয়দা পীরম্লগা মঙালহ্ন ।

মঙালহ্নগী মশেক্রা
মৈহোরে হেমহুম হেম্না
চাকহৌরে লৈস্মে মমাগী থমোয়দা
মুংঙমদবা মৈচাক্কী লৈস্মেগুম ,

আটা কিনো 'মানা অঙাংসিগী
লোত্থ্রে ম্নাইবী মংলানগুম
পীদোম্না হায়নৈ মীয়াম্না
থমোয় শোক্রা শোমৈ—
ও ! ওস্থোকপনিদা ! ওস্থোকপনিদা

---

# থমোয় অনি কে—কু লোংলি

অচুম—অরান
লৈত্রবা মালেম
অরুবা ঈশিং
অনৈবা ঈশিং
চেল্লি ঈচেল
মফম অমগুদা।

কনানা কনাবু
য়েংবা ঙমদ্রবা,
খুৎকী মহুৎতা
চিম্না থবক
ঙম্বা মতম
থম্মোয় অনি
কে—কু লোংলি।

পুক্লিগা থবক্তা
চংমিম্নরি খুৎশম্না
অমনা অমবু
থাদোক্তে, মীয়ামদে
কোরিলেটিঙ্—রিলেটিঙ্
শেংনা খায়নবদা
কনাগী মতিক থোকত্রবদা;
থম্মোয় অনি
কে—কু লোংলি।

অন্ধ বিশ্বাস কী
মম্বা লোকনুংদা
চংনবী রায়েলগী রাংমদা

থবোয় অনি
কে- -কু লোংলি।

---

## ঐগী মংলান অমদা

উরম্মী ঐগী নন্দিনী, ঐগী নন্দিনী
নহান অহিংগী ঐগী মংলান 'মদা।

চীক্রবা নৈচিল্লকী থাজগী
পীক্রবা ঐগী থমোয় লকানুংদা—
উরিরৈগী মখোংদা তুহ্না
থম্মো'য় হীক্লা কপ্পুনা
ভেংথাখি নন্দিনিনা
থমোয় চেংনা কোন্দূনা।

হায়খি সুম্মা অমুকসু,
—"মপোক ফনা পোকপী
হাদা উরি নংদি—
ফ'লেদো য়েংচবা নাক্তা
নীঙতম প'মেলদা
নীঙতম্মা নুংঙায়না"।

—"শাংচরেদো নকারাম্মা
নীঙতম মালেমগী
মালংগী শম্মুংদা।"

—"চীক্লা নৈলম চাওবী
হাদা উরি নংদি!
কল্লক চাটবা নত্রপা

য়েংথি পুকচেল কনা 'মনা
হেকথিনি কিবনা
স্বর্গগী লৈকোন ভম্‌
নশা নয়েং ফম্না শাংলিবোয়" ।

নত্রগা,—

শাবি-শামৌ কম্নাগী
হুন্দোকপা ঙমদ্রবা
পুঙমদ্রবা পোৎলুম কম্নাবু
নমিৎথিৎনা য়েংলিব্রা
তাব্রিব্রা নাকোং ফম্না
থিব্রিব্রা রাথলগী রাংমদা ? ? ?

---

## তরেঙ লৈম

তরেঙ লৈম শিল্লৈমা
মীতৈগীদি লৈল্লমা
ওইখি গান্ধীজীগীদি
নীঙতম খুৎলায় ভারতকী
মেঙ্‌ নেঙ্‌ নেঙ্‌ কোং
নেঙ্‌ নেঙ্‌ মেঙ্‌ কোং ।

লাইরবী ইমা ইন্দোনশিংনা
মপাল্লী নমদা পো, ভম্পাক্তা থম্‌
লংহুম মপুং ভাঙ্গবি
য়ারবা জগৎকী ঈশৈবু শক্তুনা
কুম্বী-কালেন, নোংজু-নুংশা থাক্তনা
কুপ্পা-পোৗনা নাইহুনা
চাকথদুং কিবু তাল্লিবা য়ুমগী

থমোয় লুক্না, থরায় য়াওনা
নাইজরি ভরেং য়ুমনৈমনা
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং
নেঙ্ নেঙ্ নেঙ্ কোং ।

ওইরি ভরেঙ্না য়াত্রা লম্বী য়াইফবী
মীতৈ ইনাংকী লুহোংপোং-উন্ অহানবদা
ইমুং মনুংগী ঈরাং পুক্সাদসু
লং-অহিংবা নজ্জনা য়াদে অতোপ্পা 'মা
কোয়রি হকচাংদা ফিঙ্গেং ওইনা
যোগী, মুনি ঋষিশিং অমদি
শক্লাইবা মীথোই মীচেমশীংগী
খুংনা নাইবা অনাইলং ফিজনা ।

---

## " নহা পুক্রিংগী থৌনা "

থম্বাল মথোক্তা
পাল্লি তিংখং
অহুবু ঐদি—
তিংখংদা শাংলিবা
থম্বালহুতবু পামজৈ ।

কেতুকী লৈরাংসু
য়োম্মী তিংখংনা
মশাপুম্বা লোয়না
অহুবু মাগী—
মনম্মা থম্মোয়গী
নুংশি চাংহাপকংপনা
পামজৈ কেতুকী লৈ—অহুতবু ।

তানসি তানসি
তানসি তংতনা
মী তোপ মীম্নামগী মাংদা
তাঈবংসিগী, মালেমসিগী ;
অথোম্নবা অহেনবা
মীথোম্ন মী হেনবা
জগৎ মণ্ডালগী
তাংবল থক্কা।

ঈন্নাং ফন্নাংদা
অমদি জীলা ফালাদা
ফেশোন্দা অমদি উপন্যাসতা
পুক্লিং ন্নাখল
লুপহনদৈ শরুক
পোং চোংলপা
চিন চোংপনা
হেম্নহুম হেম্না
পামৈজ ঐদি।

পামৈজ হেম্না
খ্যাইদগী অমুক্কা
মতমগা চুননা—
We live in deeds
Not in years in thoughts
Not in breaths
অহুবু ঐখোম্নদি
We do not live.
We merely exist.

———

## "আধ্যাত্মিকী জগৎ"

ওইখি ভারতকী লৌবুক্তা "রবীন্দ্র"
ওইখি লৌবুক্কী লৌখোয়রবনা "গান্ধী"
ওইখি মহৈ—মরোং লোকপনা "নেহেরু"
মচিন্ মরা থোরবা তুম্লবা
বিজ্ঞানগী জগতা—
ফংজখি জীবাত্মাদগী "মহাত্মা"
ফংজখি কবিদগী "বিশ্বকবি"
ফংজখি হৌরম পুম্বা খণ্ডবদা "পণ্ডিতজী"

রামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ, অরবিন্দ
ফংজখি হুকচবা মুক্তা পরেং
মালেমদা
পরমহংসদেব, স্বামী, ঋষি
মিংথোলফম।

Spiritual progress না
লৈবাক্কীনি, মীয়ামগীনি
Spiritual ideal না
খুঙ্গংগীনি লৈকায়গীনি
আধ্যাত্মিকী অশেংবা যুম্ফম্নি
মীওইবগী।

ওইখি, ওইরি—লৈম, ঈশিং, নুংশিংনা
আধ্যাত্মিকী লমজিং লৈরা ভাইবংগী
লৈপাক অমসুং অভিরানা ওইরি
আধ্যাত্মিকী লমনুংশি
মালেমদা।

হিংলি ভাইবং ঐথোয় পুম্বসু
মণ্ডাসিগী গর্ভনুংদা, ভম্পাক্তা

অহৎবু, তিনখিনি তিনখিনি
খঙহৌদনা জীবপুম্ব অমুক
মকম অমত্তদা, মতম অমত্তদা
আধ্যাত্মিকী জগত্তা—
মৈথু ওইনা, মৈচিম ওয়া।

---

## —তেনৱা—

তে ঃ! তে ঃ! তেঃ!
খোংলি তেনৱানা
তাইবংবু তম্নাংপা চেক্লানি
তাইবং মপুগী হৃতনি।

নোংমা হায়খি
        ঐঙোন্দা মানা
        শুফাংত্রবা লোন্দা—

"থৱায় অসি খাংজবা ৱারে
খিংতা থাদোকপীরো
পোন্দগী—
        ঐবু"।

ঐনা খনখি ইদোমতা
ৱানা খাঙলে তেনৱাসি
মনিঙ মখা তমজদ্রে
ফংজদ্রে নীঙতম পুন্সি।

ঐগী পুন্সিসু 'সুয়া
        কৱিগুম্বদা খোক্লবদি
তমজরোয় খাংঙবা

মীৎকুপ 'মা ফাও ;
পোকঙমত্রবা মপোক্লি
ফংঙমত্রবা পুন্সিনি
থাদোকপীরগে খল্লে—
পোন্দগী মনীঙ্ তম্মাব ।

## অম্পাক লমগী ফজবা মায়থোঙ

লৌবুক ! অশংবা লৌবুক
নোং ! অমংবা নোং
চীং ! পনশানা মংলবা চীং
পাং ! লাইজনা থল্লবা
লংলবা পাং ।

হঙাম মপান, শালু মচু
লৈতেংহনা চংলি ফিজেৎনা
চাম্নবী খোংথাংদা নুজাশিংনা
খুৎতা রান্দুনা চা-য়োম্বন্
অশংবা লৌবুকী লৌরক্তা ।

উরোক পরেং পরেং লোয়নরা
ঙানু থংগোং পরেং পরেংসু
শাখপ্ তোয়না তোয়না খণ্ডুনা
চাকতফম থিনা কোইপাই পায়রি
মুরবা অমংবা নোংগী মরক্তা ।

নোংমৈ নুংশিৎ অঙাওবন
মালেম কোয়না শিৎপা রারহনা
লৈচিন নোংফাইগী শাম্নবুঙদা

পোৎথাৱি পমশাহ্নবা মপৈ মপৈ
বাংলব। চীংগী চীংদোন্দা ।

লাইৱবী ইমা কনা 'মনা
বা-গী হী-বু ভোংহ্নবা
লেমলৈ ঙাবু লুমহ্নবা
হঙেন ইন-বু চীংলি
লাইজনা লংলবা পাৎৱাইদা ।

ওয়রসু পুঙ্খি মপান কাবোকলৈ
পুঙ্খিগী অকোয়বা পনথক্তা
ভাইবংবা শোন্নদবা পুথাপলৈসু
মনা মকা ফন্না শাংতুনা
ওইরি লৈভেং পুস্ত্রীগী যজবা ।

থম্বাল কৌবী শকহেনবী সু
কোরৌহনবৈ মঙাল ফংজবদা
পুক্লিং হম্বাও নোমোন নোকচরি
পুঙ্খিগী লাইজথক্কী লাইৱাইদা
অমদি অশংবা ঈথক্কী ইপোমদা ।

থম্বো অশংবী থাৱিক-থা সু
লাইজ পাংকী ইংলবা লাম্নাইদা
চীক্লবা অহিংগী থাজ-গা
মীংকা মীংকা চান্নহ্নবা
নুংশি ৱাৱী শান্মীন্নৱি ।

ভম্পাক লমগী লমনুংদা
চন্নবা খুজংগী থোংগান্দা
শাংলী থম্মোয় মকারায়া
কামিনী, উভোংলৈ, চীগোংলৈ না
থোংগাম গী লৈভেংবু ও ইহ্নবা ।

মীতৈ য়ুমগী য়ুমখোংদা
য়ুমগী শুমাং মত্তোন্দা
তুলসীবুঙ্গী নাকয়েংতা
পাশংদৈ কাবোকদৈ, সিঙ্গারৈনা
খোংগল তৌরি "তুলসী মহারাণী"বু ।

চীংনুং মান্নুং কয়া হুংতুনা
নুংজাও নুংঙম কয়া খেঙ্গায়ডুনা
চেস্থরি চেল্লরি তুরেল শিংনা
তম্পাক লমগী লমনুংদা
অমদি মহাসমুদ্রগী মরুক তয়া ।

তুরেল শিংগী তোর্ববান্দা
পামেল উজাও কয়া কয়া না
লাইজ ঈশিংগী জগোরবু
শংত্রিক শংত্রিক য়েংদুনা
চীরা রারী শাম্রীন্নরি ।

নুমিদাংবাইরমগী পুংজাদা
অময়না অঙানবদা তেংথা মতমদা
চিদিঙ্গা কল্লোমাশিংনা তুরেলদা
নোংগী তাস্থাবু ভপ্পা ভপ্পা থা
শক্তুনা তাওথরি পুক্সিগী তেংথাঈশৈ ।

খুল্লকী খোংবাল লুকপালদা
ইঙাগী নোংনা নোংঙাল্লকপদা
রাখলগী শান্নবুঙ্দা অঙাংশিংনা
চে-গী হী-বু শেম-শাদুনা
শান্নরী মরি মরি তাওথহন্না ।

চীং মচা মচা নিংথিবা কন্নাদা
চা-গী বাগানবু শেমদুনা
অমংবা নোংঙুম মংনা হৌরি

উজাও কয়ানা মরক মরক্তা
বাগানবু উংলি খোগল তোওম ।

তুরেল মচা কয়ানা লখী ভিমনা
ইঙাগী নোংজু মরক্তা
হৌ হৌ লাউবৈ ইরাওখোয়
লমজেন য়াংবা তান্নরি ভংতনা
লাইবক চাওবী বরাক ব্রহ্মপুত্র তয়া ।

লৈজরি খুংলেমগী শহর নগর
অচৌ অপিলক নাইবা খায়না
বরাক ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান্দা
খুঙংগী মীংশেল ওইদুনা
অভিয়াগী থরান মিচাক্লা জগোয় শাওম ।

লৈশেম মান্নবা লমদমশিংনা
হৈনম লৈনমগী হারবা মনমরক্তা
হরাও মখোয় কারিচেক্লাশিংনা
শাবী শানৌশিংসু মখি ফোংডি
বসন্ত না ফিরুক খুয়া ইকাই খুম্নরি ।

তম্পাকলমগী ফজবা মায়থোঙবু
করমা লোয়নগনি শিংথাদুনা
মীওইবগী খুংলেমগা প্রকৃতিগা
রারী শাম্মীমরী অতংঅথম লৈতনা
নুংশিবা রারী, অরাবা রারী, নুংঙায়বারারী

---

## " কায়না মৈচাক "

থাংবা ঙমজরোয়
        কায়না মৈচাক
পুবা ঙমজরোয়
        পুঙমদ্রবা পোংলুম
থাম্বী মৈচাকুম
        চাক্রবা পুন্সিনি
করিগী উৎপিরি
        নোংহৌনা অমুক
পাপ চেল্লবা
        মম্লবা মীৎ'সিদা
মীনুংশি থংদ্রবা
        নংগী মীনোংস্তো !

রাশক পরৈনগ্রবসু
        শরী নমুংনগ্রবসু
নং ঐগী পুন্সিদা
        পুন্সিগী বসন্ত
পন্থুংফম ম্নৌদম
        ঙমগ্রবনী লম্মুক্লো,
নোংদমবগী নোংদমবনা ।

অহবু ! থংদে
        কনাগী মরাননো ?
কনান হায়গনি
        কনান থংগনি ।
মপুনা মথংগনি ।
        নংঐগী লৌনমহু—
নোংদোম মাদনা উগনি
কায়না মৈচাকী
        মম্লবা কাচিন্দো ।

---

# কলি যুগ

হে কলি যুগ !
কলিগী যুগ—
নংগী কুম্মৈ অঙকপনি
নংগী কুম্মৈ মপান নাইদে ।
য়েংলু য়েংলুবদা
ভারু ভারুবদা
কুম্মৈ গী কুম্মৈ
পুক্রিং তুজুংবাঙভা ।

নংদি —
ভাইবংবুসু ভায়ওনহল্লী
"এটোম বোম" অমসুং
"এটোমিক এনার্জিনা"
ওয়রি খুৎলাই নংগী
ভাইবংগী মোংফম
ভাইবংগী বৈতরণী তুরেল
হে কলি যুগ !
কলি গী যুগ !

চাক মরু 'মা ফাও
ভাত্রবা চাক খাওদা
অ'ভা ভলসু
মচেৎ 'মা ভাত্রবদা
চারাম চঙংমরবা পুন্সি
নংগীদি থম্মোয় পেন্নবা
লেমজবা নুঙায়বা মুক্তি
হে কলি যুগ
কলি গী যুগ ।

ভাইবংগী মরুমদা—
নুঙাম রাইফবা ইমুং
কনা 'মগী চাকথুমদা
থুপতুনা য়েংলি
নমিৎ লাওথোক্লা
ভাইবংগী লেপত্রবা
অমম অঙাল খোংচৎপু
হে কলি যুগ
কলি গী যুগ ।

অকুৎপদা লৈজ্ঞোবা—
আজোংবদা লৈথোন্না
অকুৎঅজোং মরক্তা
হৱাও মথোম কাহ্নুনা
নংনা শারি নিংঙয়া
অগোম সাথেক কয়া কয়া
নিংঙমগী মাংলেমদা
হে কলি যুগ
কলি গী যুগ ।

পৈশা লুপা শেলথন্নুয়া—
ওইহল্লু ওয়রি—
মী ওইবগী মপোক লাংলোন
মাইকৈ অমদা য়েংলগা
লন থন্নম না, লনপৈনা
হুল্লি মরু মীওইবগী
রাজনীতি অমসুং ধর্ম্ম লম্বী
হে কলি যুগ
কলি গী যুগ ।

তায়রম্মী মতাংমদা
হিন্দি মহাকবি তুলসীদাস না—

"সচচা মে মন্ নহী ভুলে
ঝুঠা মে মন্ খুসী
ধন্য কলি যুগ, তেরে তামাসা
দুখ লগে আউর হাসি"।

---

## " যুবরাজ বীর টিকেন্দ্রজিৎ "

লৈবাক 'সিদা পোকচৱুনা
মফম 'সিদা থিংজৱুনা
শোনজরি, নোঙজরি
তোল্লবা নচা ঐনা
ঈরাৎচরি থমোয়দা ভত্তুনা
থমোয়গী শেংলবা অতিয়াদা
খুৎকন পাঙল্লবা
হে বীর ! নহাকপু ! !
বীর টিকেন্দ্রজিৎ ! নংবু ! !

পল্লো অথোবা ও !
ইপুধৌ থোক্লানবা ও !
বৃটিশ মলেমগী মাঙদা
থমোয়দা ব্রজ ফুয়গা
নোকমি নোকমি মায়থোঙনা
নোংথাংগী শক্তম উৎখিবা
করম্না কাওগনি ভসি !
তোল্লবা নচাগী থমোয়না
নঙগী মুৎঙমদ্রবা থাওমৈদু !

থম্মইরম্লে মালেমগী লানবুংদা
য়েকপীরম্লে মুৎঙমদনা মীওইবগী

থমোয়গী ইতিহাসতা,
থমোয় পানবা মীওইবদা,
মীতৈ জাতিগী ময়বা থমোয়নুংদা
থাওমৈ পোদোয়া তানবতম,
তাদহনবীরমে নংনা য়ুমথোং খুদিংদা
অকনবা মীতৈ অথোবা ও !

ইমানা নংবু পোকপীত্রুবা
পোকচমন মহয় য়াহল্লনখি,
খঙহনখি বৃটিশকী থমোয়দা,
তাকপীখি ইমাগী খোয়াংজমন ,
শিংগনি করম্না ? কোকনি করম্না ?
তাকপীখি বারক রাজেন্দ্রীখি ,
মশাগী ওইজবতা খনবা ,
মশাগী কায়বতা থিবা ,
সু:বদায় খেলেন্দ্রদাসু—
জাতিগী অচেংপা রাশক ,
জাতিগী থৌদাংলোন ,
জাতিগী নুংশিনবা প্রেম ।

তেথখি নোখখি থমোয়
খেলেন্দ্র সুবেদায় গী
য়ুবরাজ নংগী মীয়বা ,
থোংজবা অমদি মোংশাগী ,
খোঞ্জেলন্রু তাবদা মনাকোংদা ।

উহৌবনা তাহৌবনা
লেঙরবা সাক্তীনি ,
ইপুথৌ নংগী থৌনাব্রু ,
লেঙরবা চীংজাওতয়ী ;
মালেমগী অমম অঙাঙরক্তা ।

ইম্ফাল ভুরেলনা
তেংথারি ওসিফাওবা
মুংঙমত্রবা, তংঙমত্রবা
ঈচেলগী পীরাং শিন্থত্না
মণি পোকপী মণিবুঙদা
মীতৈ পোকপী সনা লৈবাক্তা।

লান্দা থোবা অথোবা ও !
হে মীতৈ পনঙাকপা ও !
মীতৈ লৈবাক ঙাকশেনবা ও !
কল্লক ইদা ! কল্লক্‌ইদা !
নংগী থৌনা, নংগী লিংজেল
য়োংকী থমোয় ! নংগী য়োংকী থমোয়।

অহবু, চংথ্রে নংদি—
ইমাদা কংপীরম্লগা
চাওরবা মহাযজ্ঞ'মা
ফাঁসিগী মীংকুণ্ডা
বিদায় লৌরগা
পূণাগী—লম্বীদা
থম্বীরম্লগা নচাশিংবু
অমম্বা লোক্নুংগী লমমুংশিদা।

———

# অহিংগী তন্দন

মপুং ফাদ্রবা পুন্সি—
হায়খি নোংমা পাবুংনা
নহাক্ থক্তা লোয়রে ঐ সে !
সার্টিফিকেটতু হুন্দোকখো
অমাংশংদা ।

যেচলায় ডিগ্রী লৌবগী তুং
চহি কুমজা নিপাল্দগী অয়ামগা
তাল্লক্লবনি পুন্সি তাক্ক'মা ।

ঐগী পুন্সি
ঐনা খঙ্ডিগু :
ঐ করি ওইরি ?

Middle class morality
অঙাওবগী চোইরোন
ঙমদে নিঙশিঙদবা ।
রাংমল্লবসু রাত্তোন
ফমদেকই ক্লাক্লা
নেম্মল্লবসু লৈতঙ্গায়
তোকই থোংনেংনহনা

খঙত্রে, অহবু !
ঐগী পুন্সিসিবু
অঙ্ক'মগী লীলামরা ?

হুমাং ঈরি শিন্থনা
শিঙ্ খায়রিবা নিপাসি
কাল্লেনগী মৈশা খাঙহনা
য়োংদ্রাক মাল্লিবা নিপাসি
হুমাংমন ফংগনি, খংডি শোয়দনা

খেঙলবা নোংময়ার চবুক্তা
হয়ানৈবে লেশানা ঙাওরবা
মীওইশিংগী অম্বীদা
মতেং পীরি
অহিংগী তম্নম্না।

চাকুভাফম্ থিদুনা পাইরি
কুফেং কাফেং তৌদুনা
মীনা চঙবদা হজোয়রবা
মোংশোংদা, নাপীশিংবীরক্তা।

অদুবু—

ঐগী রাখলগী অংলাদি
মতং মতং তংখ্রে হৌজিক।
শমজিনবদা রারবা মতংনি
তম্নগী পুন্সি কুফেং কাফেংগুম।

## ঐ খোয়গী বাপুজী

ভাইবং ইপাক্তা
সমুদ্র ময়ায়দা
সাইক্লোন মায়োক্নখি
হন্না হন্না
হিনাও মচা'মা তো'নদুনা।

থবক্তা পুন্সিনি
থবক্তা ধর্মনি
বাপুজীনা রাশকখি
গান্ধীজীনা পাংথোকখি।

গীতাগী থিওরিবু
থবক্তা ওলহনৃখি
গান্ধীজীগী অথোয়বিটিদি
গীতানা ওয়খি ।

অমাংবা ফিজোল
অমোংপা থমোয়
মীওইবগী তদোক্রবা
সোডা সাবোন
শেমখি গান্ধীজিনা
মথম্মোয়গী ফেক্টোরিদা ।

মতম শাংনা
নিংহয়বা নৈতনা
নোংমকপগী মইহৈতনা
থদংপদা য়ারবা
লংগী মশক ওইখি ।

ভারত মী পূৎনা ওইখি
লিক্কী পরেং পরেং
ওইখি শক্লাইবা 'মা
হুঙচনখি মালেমদসু ।

মীওইবগী থরায়বু
মীওইবনা পেলহনখি
বাপুজিনা পেলহনখি ।

মীওইবনা নেচরবু
ওলহনবা ওস্মি, মওল মওল
করিওস্বা স্বার্থত্যাগকী
মরীল নৈবা ওইরবদি মীশক ।

অন্তরা—

ওলহন্‌খ্রে শেমদোকখ্রে

নেচরবু তোয়না তোয়না

ঐখোয়গী বাপুজিনা

বৃটিশপু তন্থংখিবা

বাপুজিনা, গান্ধীজিনা।

---

## অঙাং ঐগী রাশক

পল্লেমগী তম্পাক্তা—

ঐদি পীক্রিবা অঙাংনি,

ঙরাংদৈত্ত খঙজবনি

তাইবং লোম খজিক খজিক

লহানদৈত্ত হৈজবনি

তাইবং খোংথাং পোংলি পোংলি।

ঙসিদা অমুক ঙমজরবনি

ঙসিদা অমুক খঙজরবনি

তাইবং লাইশোন শোজবা

তাইবং মপুবু নিংজবা

তাইবং মপুবু খুরুমজবা।

মপু মাগী থোইনশিন্না

ইবুংঙো মাগী থোজালনা

ঙ্গেংঙন্ ঙ্গেংঙন্ খুদিংদা

উজবা ফংজগে মীৎসিনা

তাইবংগী অশেংবা লম্বী

তাইবংগী অচুম্বা লম্বী

তাইবংগী ধর্ম্মগী লম্বী।

কোরৌহনবৈ—
সনা অহিং মচু মঙালরক্তা
থাজগী—
লংলবা লুপা মচু মঙালরক্তা
অঙাং ঐস্নু মাহৌরক্লি
পলেম পস্থোগী মীংকুপ পুংজাদা
পলেম পস্থোগী মাচোন্দা।

ফিরেপ মপুংত'মন্তান
রাখলগী ফজবা থিনা থিনা
শকচ লোঞ্জগে থম্মো'মগী মন্দিরদা
শক্লাইবা মীথোম মীহেনবশিংগী
পুন্সি তোর্ববান্দা লেপচহনা
মথোমগী লংলবা মনি পী গুপবু।

মালেমগী—
অমম অঙাল মরক্তা
লানথেংনরি মীওইবনা
মীংকুপ খুদিং পুংজা খুদিং
তাইবংগী লানবুঙদা
তাইবংগী লাল্লো'দা।

অঙাং ঐস্নু
ঙসিদি—
লানথেংলগে, লানঙমলগে
পান্জল মপুং তাম তাম
পলেম পস্থোগী থোংলোম তুংইন
থোংগুন মচুং লিনা লিনা
অমদি পুন্সি রাশক পৈরেচেংনা।

---

# শক্রোন পুৰী

শক্রোন পুৰীনি
শক্রোন পুৰী মহাক্তী,
মওং মওংগী
শাম্নবুডদা শাম্নরি
শাম্নবা মওং কম্না কম্না।

থুপ্তুনা ক্লেংনি
মচিমদা তুমিম্না কমদ্রনা
শাম্নবা মওং কম্নাবু
মীংফম তোংদনা ;
মহাক্তি শক্রোম পুৰীনি।

মম্নবা অহিংনা
মহাকপু মশক হঙাদ,
মচু মশক তাক্তে ;
মঙাল্লবু ফংজবদা
তাকট মচুগী মচু,
মশীঙ তরেংনা
ম্রেক্রবা মচুগী মচু,
তোডান তোডান্বা শাম্নোন্দা ;
অম্নক অমম্নং নুংথিলদা।

পাথ্রি মাজেমগী
মচু শঙলবা লম্পাক্তা
জীব অমদি পোংশক্তী
মওং মওং, মথল মথল
মম্নবা অহিংনা,
ওইহল্লি মচু অমক্তা ;

মচু মশক ফোঙদনা
তাক্কনা মচুগী মওংবু।

ভিন্থ্রে অহুবু শক্লোন্পুবীদি
ময়ামগা অমত্তা ওইনা ;
হে পুক্লিং ! হে থবায় !
য়েঙঙ্বুকো ! নংমু মীৎকম হোংদনা।
শাগৈ নাতৈ অমদি—
য়েক-শলাই ভিনখ্রবনি
অমত্তনি, অমত্তনি, অমত্তনি
শক্লোন পুবী মহাক্কী মফমদদি।

## ছাত্র ঐগী পুন্সি

ছাত্র ঐগী পুন্সিদি
ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনা
অশেংবনি, অরেপ্পনি।

ঐগী পুন্সিদি পীক্লিঙৈদা
পলেমনা নাওয়োকপীরে
পন্থৌনা নাওকোনবিরে
পলেম পন্থৌগী তম্পাক্তা
চাওজরে, নীঙথরে।

শিন্নবীরে হৌজিক্তি
পলেম পন্থৌ অনিনা
শিল্লম কৈরাক তয়বা
শিন্দমগী ওঝাদা।

ছাত্র ঐগী পুন্সিদি
লাইরিক-লাইচু তম্বতনা
ঐগী অরোয়বা পুন্সি মতে;
পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা
পুন্সিগী অশেংবা লম্বী য়েংনা
ইরমচৎ শেমজবতনা
ছাত্র ঐগী ইথোনি
ছাত্র ঐগী রাশক্তি ।

পুক্লিং রাখল লৈক্ষ চৎতন্দনা
অনিংবগা অকৈপ্পগা
অচুম্বগা অশেংবগা
হকচাংগী তুখোং খুদিংদা
য়েন্দুনা র'শক লৌরগা
থমোয়গী মরুপ থরামতবু
য়োকথংপা হিংহনবতনা
ছাত্র ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনি

শক্লাইবা ওঝা গুরুশিংগী
রায়েল পাওতাক কয়াবু
থমোয় চেংনা নীঙহনা
পুক্লিং অনি লোঙদনা
পুন্সিগী চাওখৎলম্বী
পন্থংফম্ ভান্বতনা
ছাত্র ঐগী রাশক্তি
ছ'ত্র ঐগী পুন্সিগী লম্বীনি ।

## —শকথিনি বীনা'সি ঐগী—

শকখিনি বীনা'সি ঐগী
শকখিনি শৈশক চুমা
কবিগুরা মহৈ গী
রাইপুবী লাইরেম্মনা
পীবিরবদি খোঙাঙ মীৎয়েং
তোল্লবগী থুংথংতা
তোল্লবগী পুক্লিং রাখলদা
লোয়নন্না যন্ত্রসিনা হন্দ্রদি
কবিগুরা মথৌ মশাগী

অহুন-অমন লাইগুরু
ইপা ইপু ইমা ইন্দোমা
অয়ুক নুমিৎয়ুংবা-নুমিদাংবাইরম
মতমগী তাইবং লৈইশোম্মা
তাইবংগী তেংথারোল ঈশৈ
শকখিবা শোনখিবা নুংশিনা
তাইবং কৈকথেলদা—
বীনা'সিগী মতেংনা
শকখিনি শোনখিনি
হয়া হয়া ঙসিসু ।

যুগ যুগকী কবি অবতার কমা
ঋতু ঋতুগী মাওম্দা খোংদারবপা
শৈরেংবা শিংগী মগুনবু
অমদি নৌরবা শাথেক কয়াকয়া
কৌরবী ঐগী বীনা'সিনা
শকচগে শোনজগে হায়দুনা
শৈশক মরিকু চুয়া খোইথম্মনা
ঐগী বীনা'সিগী মতেংনা ।

॥ পোথাবিথি ॥



ঙায়বিয়ু,

মথংগী খুদোলদা—

১ – "হৈকোল-লৈকোল"
( শৈরেংগা শক্তমদা – ৱারী-ৱাতায় )

২ – "লৈকা ফন্না শাৎপী লৈরাং"
( শৈরেং )

৩ – "পিক্লিবা অঙাংশিংনা
জাতিগী য়ূম্বীনি"
( ৱারী-মচা )